সেম্পল, মওং মতৌদা অশোযবা কয়া অমা লৈরে হায়বদু উখোরকখি, মতমদু ফাওবা ফিবম অসিদা এজেন্সি অমত্তনা ফাবা ঙমখিদবনি।

পুইরটো রিকোদা পাঙথোকখিবা ইলেক্সনশিংসিনা কমনবেলথ ইলেক্সন কমিসনগী ৱেবসাইটকী মহৎ শিনবা অমা ওইবা ঙমদ্রবসু, পুইরটো রিকোগী ইলেক্টোরেল লোনা পীবা মতুং ইন্না কম্মিসন অসিগী চিয়ারমেনগী যাম্না মরুওইবা মথৌশিংগী মরক্তা অমদি পুইরটো রিকান ইলেক্টরশিং অমদি পোলিটিকেল পার্টিশিংদা মখোয় মখোযগী ফংফম থোকপা হকশিং, তৌগদবা মথৌশিংগী মরমদা পাউ ফজনা পীরম্মী অমদি তম্বী তাকপীরম্মী। মসিগীদমক্তা, মহাক্না অফংবা মেদিযাগী অমদি মীযামদা পীরিবা ইনফোর্মেসনগী টেক্নিক পুন্নমক শিজিন্নবা যাই, ফিবম অসিদা ঐগী ৱেবসাইটনা ফংবা যাবা মেটরিযেল পুন্নমক পীখি। মরম অসিনা ঐনা ইশাগী লম্নাই কন্ট্রিব্যুসন ওইনা পুন্নমকসি ঐগী ৱেবসাইটতা ফোংদোকপগী থবক চথরম্মী। ঐনা মসি থোয়ননা শেন্দোং ফংদনা ফ্রি পব্লিক সার্ভিস ওইনা পুইরটো রিকোগী মীযামগী অমদি মীওইবা জাতিগীদমক্তা থবক অসি তৌখিবনি।

মেনুএল অলভারেজ রিভেরা

জুলাই ৩১, ২০০৬।

# ভারতকী নোংপোক্রমদা য়েংবা মীৎয়েং থৌওং

*অইবা : সুলতান সাহিন*

***অক্টোবর ১১, ২০০৩***

ইন্দোনেসিযাগী বালি কৌবা মফম অমদা, খা নোংপোক এসিযাদা লৈরিবা লৈবাকশিংগী অপুনবা এসোসিযেসন (ASEAN) অমগী মীফম অমদা ভারতকী প্রাইম মিনিষ্টর অটল বিহারি ভাজপাযনা শরুক যারুবা খোঙচৎ অদুমক্তা ভারতকী মপানগী ওইবা থৌরমদা অচৌবা মায পাকপা অমা ওইখি। হাযবিবা থৌওং অসি হান্নগী প্রাইম মিনিষ্টর নরসিমহা রাওনা শোক ১৯৯০ গী ঙল্লিবা মতমদগী লমযানবা হৌখিবনি। থৌওং থৌরম অসিবু, "নোংপোক মাযকৈদা মীৎযেং থন্না" হাযনা খঙনবা যাই। অসিগুম্না লৈবাক ঙাক্রোনগী যানবা মওং অসি মালেমদা লৈরম্না "কোল্ড ব্রাব", থারুমদা উংখৎনবা মদু লোযশিনখিবদুগী পাউখুম ওইনা থোরকপা মওং অমনি হাযনা লৌবসু যাই, নত্রগা শেল থুমগী ফিভমদা হেন্না মীৎযেং চাওথোরকপা অমসুং মতমসিগী গ্লোবেলাইজেসন্দা যাওননবা হোৎনরকপা থৌওং অমনি হাযনা লৌবসু যাই। মসিমকসি লমদমসিগী ওইনা লৈজরিবা জম্মু অমসুং কাশ্মিরদা লালহৌরিবা অসিগী মাযোক্তা লাল চথ-চথনা, ভারতনা অনৌবা মরুপ মপাং অমদি লল্লোল ইতিক তৌমিন্নবা অতোপ্পা লৈবাক বিজিনেস পার্টনর অমা ফংনবা হোৎনরকপনি হাযনা লৌবসু যাই।

লল্লোল ইতিক্কী মতাংদা পুন্না থবক তৌমিন্নবা অদুগা টেরোরিজম্বু পুন্না মাযোক্নমিন্নবগী মতাংদা য়ান্নচে অনিথক সহি তৌনখি। ভারতনা খা নোংপোক এসিয়াগী জাতিশিংগী ওইবা চান্ন-চিন্ননা লৈমিন্নবা অমদি থবক তৌমিন্নবদা খুম্ফম ওইবা ASEAN ট্রিটি ওফ এমিটি এন্দ কোপোরেসন্দু

য়াখি। মখা তানা ভাজপায়না "ওপন স্কাইজ" পোলিসি হায়দুনা ভারতকী তোঙান তোঙানবা সহরশিংদা নুংতিগী ওইনা খা নোংপোক এসিয়াগী লৈবাকশিংনা মখোয়গী এরোপ্লেনশিং পাইথোক পাইশিন তৌবদা অয়াবা পীখি। খা নোংপোক এসিযাগী লৈবাকশিংগা ভারতকা অনিগী মরক্তা হেন্না মরী নকশিনহন্নবা হোৎনবগী মতাংদা ভাজপাযনা হায়খি, "অসুম্না নোংথক্কী লম্বী অমগা অমগা ফাওননবা হাংদোকপসিনা ঐখোযসে কযাগী মতিক নকশিন্নরবশপগে হাযবদু যেংসি।" ফিভম অসিদা খা নোংপোক এসিযাগী লৈবাক ১০ গী কোনুংশিংগা ভারতকী তোঙান তোঙানবা মীওই কাওলুপশিংনা তাবা সহর ৪ গা নুমিৎ খুদিংগী এরোপ্লেন পাইথোক পাইশিন তৌনবা ব্রাফমদু লাওথোকখি।

ভারত অমসুং খা নোংপোক এসিযাগী লৈবাকশিংগা লম্বী সড়ক ফাওনবগী মরুওইবদু হেন্না কনশিলহন্নবগী থৌরম পাযখৎপদা নত্তনা, ভাজপাযনা ভারত অমসুং খা নোংপোক এসিযাগী লৈবাকশিংগী ওইবা মোটোর লমজেল, রেল্লি অমসু পাওথোক্লবা ব্রাফম হৌদোকখি। অসুম্না য়ানবা মযামশিংদুগী মরক্তা লৈবাক অমগা অমগা নিংতম্না লল্লোল ইতিক তৌমিন্নবগী থৌশিল পরেং, শেল থুম পুথোক পুশিন তৌননবগী ব্রাফম, শেল থুম চাওখৎ থৌরাংগী লমদা অমগা অমগা তেংবাংনবগী ব্রাফমসু পল্লি। অসুম্না শেল থুম ফগাৎননবা অমগা অমগা নিংতম্না লল্লোল ইতিক তৌনবগী অযাবা পুরক্লবা পাউ ফাওদোক ফাওজিন তৌনবদু শেল থুমদা চাওখৎপা খরা ব্রাৎলিবা লৈবাকশিং কম্বোদিযা, লাউজ, ম্যান্মার, ভিযেটনাম অমদি ফিলিপিন-নচিংবা লৈবাকশিংগী ব্রাফম লৌরগা পাওথোক্লনি।

শগোলশেল নুমিৎ অমদা ভারতকী প্রাইম মিনিষ্টর ভাজপায অমসুং থাইলেন্দগী প্রেমিয়র থাসকিন শীনাব্রাত্রা অনিনা থাইলেন্দগী কোনুং বেঙ্কোক্তা উম্নদুনা লৈবাক অনিগী মরক্তা য়াম্না নীংতম্না অমগা অমগা লল্লোল ইতিক তৌনবগী ব্রাফম যাওই। হাযরিবা যান-চে অদুনা শোক ২০১০ দদি পোৎলম খুদিংমক্তা লল্লোল ইতিক তৌনবা যাবগী অযাবদু পীরি। লৈবাক অনিসিনা পোথোক পোৎলম ৮৪ দদি পোৎ পুথোক পুশিন তৌবগী লৌবা টেক্সতু চাদা ৫০ ককথৎপা যানখি। হায়রিবা ফিভমসি য়ানখিবা চহিদুগী

মতুংগী চহি মার্চ তাং ১ দগী চংনবা হৌগদবনি হায়বসিসু পল্লখি। মসিগীসু মথক্তা টেরোরিজম্ন পুল্লা মায়োক্লবা বিজ্ঞানগী ওইবা লৌশিং জ্ঞানবু তাথোক তাশিন তৌদুনা শরুক য়াম্মিল্লবা হায়বগী য়াফমসু থল্লম্লিল্লখি। লোযননা ভারতনা থাইলেন্দদা মশা ঙাকথোকচনবা খুংগু খুংলায় শীবা য়োনবা হাযবসু যানখি।

পুম্নমকসি পুল্লা খল্লরুরগদি, ভারত অমসুং মসিগী খা নোংপোক এসিয়াদা লৈরিবা য়ুমলোম্নবা লৈবাকশিং ম্যান্মারদগী হৌৎগা ফিলিপিন্স ফাওবদা, লৌখৎলক্লিবা থোঙথাং অসিনা লৈবাক ঙাক্লোনগী মরীদসু, শেল থুম, লল্লোল ইতিক্কী মরীদসু অমগা অমগগী মরক্তা যাম্না ফগৎলক্লগনি হাযবসি শোযদ্রবা য়াফমনি। অসুম্না ভারতনা খা নোংপোক এসিযাগী লৈবাকশিংগী অপুনবা লুপ অমদা মেম্বর অমা ওইরকপা, মসিগী থবক থৌরমশিংদা যাওরুবসিমক ভারতনা ঙসিদি পেনজবা হল্লাও নুংঙাইবা পোকচৈ। মসিগী মথক্তা চহি কুনমুক্কী মনুংদা খা নোংপোক এসিযাগী লৈবাকশিংনা যুবোপিযান যুনিযনগা মান্নবা মওংদা নোংপোক লমগী অসিগুম্বা য়ুনিযন অমা শেম্মক্লবা হোৎনবসু যাম্নখি। ইন্দোনেসিযাগী বালি কোনকোর্দ টু (যানবা চেরোল) অদুনা খা নোংপোক এসিযাদা চাওরবা কৈথেল মফম অমা ফংলে। হাযরিবা কৈথেল অসিনা মীওই মিলিযন চামঙা হেল্লা কুপশিনগদৌরিবনি। অদুগা চহিগী ওইনা লল্লোল ইতিক অসিদা শেলফম য়ু এস দোলব বিলিযন ৭২০ যৌগদৌরিবনি। যানচে অসিনা শোক ২৫২০ ই, উ দা যোদেল ওইরগা এসোসিযেসন ওফ সাউথ ইষ্ট এসিযা নেসন্স (ASEAN) গী ওইবা ইকোনোমিক কম্যুনিটি অমা শেম্নবা হৌদোক্ল রকখি। হাযরিবা লৈবাকশিং অসিনা চিনাগসু যাম্না নিংখাতম্বা মওংদা, পোৎ পুথোক পুশিনগী থোযদোকপা টেক্স অমত্তা লৌদনা লল্লোল ইতিক তৌনরবদি, মদুগী ফলদু লমদম অসোমদা মালেমগী খাইদগী চাওবা নিংতম্না লল্লোল ইতিক তৌনবা যাবা মফম অমা ওইরক্কনি। অসিগুম্বা যাম্না শিংথানিংঙাই ওইরবা চাওখৎপা অমগী খুদোংচাবদু লৌহৌনবা ভারতনা হাম্নলা অপিকপা থোঙথাং অমা লৌবা ঙল্লবনি। মমাং খল্লা ঙল্লপ্পা নিম্ন দিল্লিদা ASEAN গা শোক ২০০৭ ফাওবগী লল্লোল ইতিক তৌননবা সহি তৌনখ্রে। খল্লা চিংনগনবা ভারতকী ওবজার্বরশিংনদি অসুম তৌবসিনা

ভারতনা মপান লৈবাক্তা লম্লোল ইতিক তৌনবদা অথিংবা লৈগনবগী মওংদু খরমখৈদি হুম্বরগনি হায়না আশা তৌনখি। মহৌশানা ভারতকী ওইবা থৌওংদা মপান লৈবাক্তা লম্লোল ইতিক তৌবদা অথিংবা থমগনবসিমক্তা শ্রীলঙ্কা অমসুং সিঙ্গাপুরগা নিংতম্না লম্লোল ইতিক তৌবগী ব্রারীদুফাও হাম্নক্রুরোইদ্রা ফাওবা খল্লম্বনি। শ্রীলঙ্কাগী মতাংদদি, ভারতনা মাগী মথক্তা চা মনা, লশিংগী ফিরোলশিং অমসুং রবর মখোয়না ভারত্তা যোনবদু অথিংবা থম্রম্বনি। সিঙ্গাপুরগী মতাংদদি ফ্রি ট্রেদকী মতাংদা য়ানবা চহি অনি হেন্না লৈখ্রবসু ম্বাফমসিগী মতাংদা চুম্না খন্ন-নৈনবগী মওংদা অদুম লৈবগুম তৌরি।

শেল থুমগী মতাংদা, লম্লোল ঈতিক তৌদুনা চাওখৎনবা হোৎনবগী খোঙথাংদা খরা তপ্পা, লোযননা মসিগী মপান লৈবাক্তা লম্লোল ঈতিক তৌননবা হোৎনবদা কা হেন্না থব্রাম যাওশিন্দবা মওং অসিনা, ভারতনা নোংপোক মাযকৈদা মীৎযেং থম্না হাযবিবা থৌওংসি মায পাক্লা চথবা ঙমগদ্রা হাযবসিদা কুপ্না যেংশিল্লিবা মীওই কযাদা চিংনবা পোকহল্লি। তৌববুদি ভাবতকী প্রাইম মিনিষ্টরনা নোংপোক্কী খোঙচৎপুদি কযারক চৎখ্রে। মতমদুগী এক্সটবনেল মিনিষ্টর জসবন্ত সিনহানদি ভারতনা নোংপোক্তা মীৎযেং থম্না হাযবসিদা অনিবকণ্ডবা খোঙথাংবু চংশিনখ্রবনি হাযনা অকনবা মোত পীখি। মমাংগী থা অমদা হারভাবদ যুনিভর্সিটিদা ব্রা ঙাংবদা শ্রীসিনহানা ভারতনা এসিযাদা যেংলক্লিবা মীৎযেংদা অচৌবা শিংথানিংঙাই ওইবা অহোংবা অমা লৈরে হাযখি। মমাংদদি ভারতনা থা নোংপোক অমদি নোংপোক এসিযাগা লৈনরম্বা মরীদি মীরৈবাক্কী মীখা পোনবা লৈবাক ওইমিন্নরুবা অদুগা এসিযাদা লৈরিবা লৈবাকশিং ওইমিন্নরুবা অদুনা ইচিন ইনাও ওইবগী ব্রাথলদা যুম্ফম ওইরগা থম্নবা মরী ওইরম্মী। অদুবু ঙসিদি ভারত অমসুং অতৈ এসিযাগী লৈবাকশিংগা লৈনরক্লিবা মরীদি লম্লোল ঈতিক্তা, শেল থুম পুখোক পুশিন তৌনবদা অমদি পোখোক পুখোকপদা যুম্ফম ওইরক্লি। মসিমক্তনি ভারতনা "নোংপোক্তা মীৎযেং থম্বা" হাযবা থৌওং অমদা হেন্না থব্রায য়াওশিল্লক্লিবসি। হান্না ভারতকী মপান লমগা লম্লোল ইতিক তৌনবসি চাদা ৪৫ দি লমদম অসোমদা হাযবদি এসিয়াগী লৈবাকশিংদা অদুম তৌরবনি। ASEAN বিজিনেস সমিট অমদা ভাজপায়না ব্রা ঙাংবদা ASEAN গী শেল থুম থাদদুনা লম্লোল ইতিক

তৌরিবা খুদিংমক ২১শুবা শতাব্দীগী ভারত্তা হেন্না মীৎয়েং চিংশিনবীরক্কবা হায়জখি। "লমদমসি মাংদা চংশিন্নি" হায়বা ৱাকমসিদা মুন্ধম ওইরগা মহাক্না ভারত অমসুং খা নোংপোক অসিয়াগী লৈবাকশিং পুন্না লল্লোল ঈতিক তৌমিন্নগনি হায়বা চাওরবা আশা অমা থমখি। মতমদুদা দোলর ১২.৫ বিলিয়ন লৈরম্বদু শোক ২০০৭ তদি দোলর বিলিয়ন ৩০দা হেনগৎপগী ৱাকম থমখি। লৈবাকপোকপা নুমিৎ অমদা ভাজপায়না এসিয়াগী লৈবাকশিং পুন্না উন্নবদা এসিয়াগী লৈবাক পুন্নমক মালেমগী খোঙজেলদা পুন্না য়াওমিন্নদুনা চৎমিন্নবগী অপান্বা ফোংদোকপগা লোয়ননা ভারতকী শেল থুমগী মতাংদা ৱাকম তরুক পুথোকখি। মদুদা ইংরেজি লোল ফজনা শাংবা ঙম্বা মীওইশিং পুথোক্কবা হোৎনবা, লোযননা ভারত অমসং এসিয়াগী অতৈ লৈবাকশিংগা লল্লোল ইতিক চাওখৎমিন্নবগীদমক্তা ইনফোরমেসন টেক্নোলোজি চাওখৎহন্নবা হোৎনবা য়াওখি।

প্রাইম মিনিষ্টরনা হাযবিখি, "ভারত অসি নৌনা শেন্নক্লিবা এসোসিয়েসন ওফ সাইথ ইষ্ট এসিযাগী মেম্বরশিংগী মরমদা ফজনা খঙলে। ঐখোযনা এসোসিয়েসন অসিদা নৌনা চঙলক্লিবা লৈবাকশিং কম্বোদিয়া, লাউজ, ম্যান্মার অমসুং ভিয়েটনাম লল্লোনপোৎ থাদোরকপদা লৌবা টেক্সসিং কন্সেসন পীগনি। ঐখোযনসু হেন্না মখা চথনা, তুং কোযনা চথনবগী পুক্লিংসু থৌগৎলি। হাযরিবা থৌওং অসিদা ঐখোযনা মখা মপুং ফানা চথরগদি শোক ২০০৭ তা য়ু এস দোলর বিলিযন ৩০ ফাওবগী লল্লোল ইতিক তৌনবগী পান্দম থন্নি। অদুগা শুপ্নগী চহি ১০ গী মনুংদা নিংতম্না অমগা অমগা লল্লোল ঈতিক তৌমিন্নবা য়াবা মফম অমসু শোয়দনা ওইরক্কনি।" ভারতনা এসিয়াগী অতৈ লৈবাকশিংগা লল্লোল ঈতিক তৌবা থৌরকপসিগী খোঙচত্তা খরা তপথরপ তৌবা মওংসি উরগা ভাজপায়না হায়খি, এসিযান লৈবাকশিংগা ভারতকা লল্লোল ইতিক তৌবা অসিদা দোলর বিলিয়ন ১০ দগী হল্লনা তৌবা হায়বসি অপুনবদা মীশিং বিলিয়ন ১.৫ লৈবা মফম অনিসিগী চুম্নবা ৱাংলে, মরমদি অসুক য়ামখ্রবা মীশিং অসিনা চহিগী ট্রিলিযন দোলর ১.৫ কী মমল ওইবা পোৎ-চৈ মাল চাং পুথোক্লিবনি। মদুগী মমাং চহি অমদা ভারত অমসুং এসিযাগী অপুনবা লৈবাকশিংগা ফম্মিন্নবা মীফম অমদা লল্লোল ঈতিক্কী থবক ফগৎনবা পীখিবা ৱারোলদু নিংশিংলদুনা

মহাক্না হায়খি, “ঐখোয়গী লম্লোন ঈতিক্কী ফিভমসি চাদা ২৫ দা য়াংখৎলে, ঐনা হায়জখিবা য়াফমদু হৌজিক ফাওবদি চুমদুনা লৈরি।”

হায়রিবা লম্লোন ঈতিক্কা মরী লৈননা তিনখিবা মীফম অদুদা চিনাগী প্রাইম মিনিষ্টর রেন জিঅবাও, জাপানগী প্রাইম মিনিষ্টর জুনিচিরিও কোইজুমি অমসুং খা কোরিয়াগী প্রসিদেন্ট রোহ মু-হ্‌ইসনসু য়া ঙাংখি। অদুগুম্বা পাজল লৈরবা অপুনবা এসিয়াগী লৈবাকশিং অদুদা ইন্দোনেসিয়া অমসুং মসিগী মতমদুগী চিযারমেন য়াওখি, মসিদা নত্তনা অতে লৈবাকশিং সিঙ্গাপুর, ফিলিপিন্স, মালায়াসিয়া, থাইলেন্দ, কম্বোদিয়া, লাউজ, ভিয়েটনাম, ম্যান্মার অমসুং ব্রুনৈসু য়াওখি। বেনকম য়ার্ল্ড ট্রেদ ওর্গনাইজেসন (WTO) গী মিনিষ্টেরেল কনফরেন্সতা ফিভম ফবগী মওং লৈত্রফাওবদা ভাজপায়না নিযমদা য়ুম্ফম ওইবা য়াম্না ফজবা মখলগী মখল মথেল ওইবা পোৎলম কয়াদা লম্লোন ঈতিক তৌবা হাযবসিনা মপুং ওইবা পান্দম ওইগদবনি হায়খি। মহাক্না মখা ভানা হাযখি, “অসুম্না ঐখোয়না য়াম্না শিংথানিংঙাই ওইবা পান্দম অমা তান্নবসিদা, অসিগুম্বা লমদমসোমগী লম্লোন ইতিক তৌমিন্নবা হোৎনবসিনা খুদোংচাবা কযা অমসু খুদক্তা পীরক্কনি। থোইদোক্না জিওগ্রাফিকেল্লি য়ুমলোম্নবা লৈমিন্নরিবা লৈবাকশিংদা কান্নবা কয়া পীরগনি। অসুম তৌবসিনা মালেমগী ওইবা লম্লোন ইতিক্কী লমদা মপুংফানা য়াওবা ঙমদ্রিঙৈদা ঐখোয় মশেলতগী ওইবা ইন্দষ্ট্রি অমদি লৌউ শিংউগী থবক্তা অচৌবা পারা অমা ঐখোযনা তমহৌরগনি। এসিযাগী মীওই নত্তবশিংনা এসিয়া অসিবু মখোযগী মপুং ওইবা তুংগী কৈথেল ওইনা খনবদুগী ফিভমদা, প্রাইম মিনিষ্টরনা হাযখি, এসিযাসিমক য়াম্না থুনা অনৌ অনৌবা পোৎলম কয়া পুথোকফম সেন্তর অমা ওইরগনি। অতোপ্পগী কৈথেলতমক ওইবগী মতমদু লোইখ্রগনি। এসিযাগী লৈবাকশিংনা মখোয় অমগা অমগা হেন্না ভাব তানবগী লমদা চংশিল্লগনি, মসিনা নৌনা থোরক্লিবা খুদোংচাবশিংদু মপুং ফানা ফংমিন্নদুনা অচৌবা কান্নবা অমা লাক্লগনি। ভাজপায়না মখা তানা হায়খি, “ভারত অমসুং এসিযাগী লৈবাকশিং পুম্না থবক তৌমিন্নবা অসিনা মীয়ামগী খোঙ্হোক “এসিয়াগী শদাবতী” হায়বা পহুংদু য়ৌনবা হেন্না পাজল থৌনা পীশিল্লগনি।

খোয়দোক্লা ভারতকী অথনবা খোঙথাং অমদি "টেরোরিজম" (অকি তুজুংবা পোকহল্লিবা) খুদিংমকপু পুন্না থেংনমিন্নবা এসিয়ান লৈবাকশিংগা য়ান্নবা অদুনি। ফিলিপিন, ইন্দোনেসিয়া অমদি সিঙ্গাপুর ফাওবা অসিগুম্বা মালেমগী থাক্তা লৈরবা টেরোরিজমগী অকিবদুগী মমি তারে। হায়রিবা লৈবাকশিং অসিদা মালায়াসিয়াসু য়াওনা জেম্মাহ ইসলামিয়া হায়রিবা লালহৌলুপ অদু য়াম্না মপাঙ্গল কয়া থবক তৌরি। ইন্দোনেসিয়াসিমক মহাক্কী সহর অনি বালি অমসুং জাকারটাদা শাথিবা মওংগী লান্দারকপগী মওংদু মমাংগী চহি খরদা হকথেংননা থেংনগ্রবনি। অসুম্না এসিয়াগী লৈবাক কয়াদা অসিগুম্বা টেরোরিজমগা মরী লৈননা শেল নম হাদুনা খাযবা, ড্রগ কারবার তৌবনচিংবশিংসি এসিয়ানগী লৈবাকশিংনা য়াম্না হকচিন্না লৌরে। অসিগুম্বা শিংনরকপশিংসি থেংননবা মখোযনা ভারত্তা শৌগৎলক্লবা অচৌবা মীৎয়েং অমা থল্লি। এসিয়ান লৈবাকশিংসিগী অপুনবা ফোরম অসিনা অসিগুম্বা টেরোরিজমশিং অসিদগী ঙাকথোক্লবা অচৌবা প্লেটফোর্ম অমা ওইনা লৈগনি, অদুগা মসিদা অমেরিকা অমদি অতৈ য়ুরোপিয়ানগী য়ুনিয়নসু যাওগনি। বালি হাযরিবা লমদমদুদা লৈবাকশিং অসিনা য়ানখিবা অদুদা ঈ-পাউ পীথোক পীশিন্দা, আইনগী ওইবা হিরমদা অমদি হিরম কয়াদা অমগা অমগা মতেং পীননবা য়ানখি। শোক ২০০১ গী মে তাং ১৬ তা কাউলা লমপুরদা পাঙথোকখিবা দিপ্লোমেটিক অমদি ফোরেন রিলেসনগী মীফমদা ভাজপায়না হায়খিবদা খা নোংপোক এসিয়াদা ঐখোয় পুম্নমক ঈংনা চিক্লা অমদি টেরোরিজমদগী নিংতম্না লৈননবা ভারতনা মীৎয়েং অমা থম্না হৌরে, মসিদা ভারতনা অচৌবা থৌদাং লৌগনি। ভাজপায়না মখা তানা হায়খি, " মমাংদা লৈরম্বা থরুমগী লাল, কোল্ড ৱারদুগী হেক মতুংদা মালেমসিদা অনৌবা মখলগী সেক্যুরিটি লৈদুনা লাল তৌনবা হায়বা পোৎশক অসিদগী লাপথোক্লবা ঐখোয় চংশিল্লি হাযবদু ভারতনা খঙই।" অমগা অমগা মায়োক্নবগী মহত্তা অমদি পুক্লিং লৈতাদনা লৈবগী মহত্তা ৱারী শান্নদুনা তাথোক তাশিন তৌনদুনা য়াম্না মরুপ মপাং ওইনবগী মওংদা লৈমিন্নবা খোঙথাংদা ঐখোয় চংশিনমিন্নরি। হিরম অসিদা এসিয়াগী লৈবাকশিংগা ঐখোয়গা ৱারী শান্নদুনা লমদম অসোমদা সেক্যুরিটি লৈনবা হোৎনগনি। অসুম্না মালেম পুম্বগী ওইবা খুদং অমা ওইরকপা হায়বা ৱাখল্লোন অসিনা

লাম্বীগা মরী লৈনবা নত্তবা অতৈ খুদোংথিবা কয়াসু খুদুম চনশিনবা ঙমগনি। ঐখোয়না লৈরিবা মফমশিংসি তশেংবদি সমুদ্র লম্বীগী মপান্দনি। মসিমক্তি তশেংবদি ঐখোয়না ঙাক শেনগদবনি। লাইরবা অমদি চিঞ্জাক য়াৎপা অমসুং লমদমসিদা ইনর্জি য়াৎপা হায়বসিমক্তা ঐখোয়গী খুন্নাই অসি তংদু লৈতানা লৈহনবদা অটোবা অকায়বা পীরি। মীশিং হেনগৎলকপা অমদি এইদস অমদি টি বি নচিংবা লায়না কয়ানা নাহনবা হায়বসিমক লমদমসিগীদমক্তা অটোবা অমদি অরুবা য়াকম ওইরি। অদুগী মথক্তা-অকোয়বগী ওইবা মহৌশাগী খল কায়থরকপা হায়বসিমকসু অনৌবা খন্নবা য়াবা ছিরম খরা ওইরি।

হায়রিবা অরুবা য়াকম কযাসি লম লমদুখক্তংনা কোকহন্নবা হোৎনবা হায়বসি ওইখোক্লোই। মখোয়শিং অসিদি লৈমিন্নরিবা য়ুমলোন্নরিবা লৈবাক ময়াম পুন্না হোৎনমিন্নরকান্দদা কোকহনবা ঙমগদবনি। মরম অসিনা ভারত অমসুং অতৈ লৈবাকশিংগা পুন্না ফম্মিন্নদুনা সেক্যুরিটিগী মতাংদা য়ারী শাবা হাযবসিমক য়াম্না মরুওইগনি। লাইনিং লাইশোন্দা হেন্না হকচিন্নদুনা হাৎন-শুনবা, ড্রগ পুথোক পুশিন তৌবা, কারবার তৌবা, শেল নমদুনা খাযবা অমদি টেরোরিজমগী থবক থৌরম কয়া অসিনা লমদম অসোন্থু ঙসি অমম্বদা ঈরাক্লহল্লি। ঙসি ঙসিমক ভারত অসি ষ্টেট মনুংদগী অমদি মপান্দগী মশাগী পোলিটিকেল বাউন্দরি অসি অমুক হন্না য়েকথোক্লবা চঙশিন্নকপা খোঙজং কয়াগী ভিক্তিম অমা ওইরি। অসিগুম্বা লানজং কয়াসিনা ফুরুপ শুনা তাবা ভারতকী খুন্নাইদা অকিবা পীরবগুম তৌরি, লোযননা মালেমগী ওইনা ঈংনা তপ্পা লৈগদবা পোৎফমদু অকাযবা পীবগুম তৌরি। এসিযাগী খা নোংপোক্কী লমদমশিং লোয়ননা অতৈ বাংলাদেশ, ম্যান্মার, শ্রীলঙ্কা, থাইলেন্দ পুন্ন মকসিগা ভারতকা লৈনরিবা মরী অসিনা মসিবু সাউথ এসিযান এসোসিযেসন ওফ রিজনেল কোওপরেসন (SAARC) না চাওখৎপগী লম্বী থিংদুনা লৈরম্বদুদগী কোকহনবা হৌরে হাযগনি। হৌজিকমক্তীদি SAARC হায়দুনা লৈরিবা কো-ওপরেসন অসি ভারত অমদি পাকিষ্টান অনিগী মরক্তা লৈরিবা মরী অসিনা মরম ওইদুনা মপুং ফানা থবক তৌবা ঙমগদবগুম তৌরি।

তশেংবমকসু খা এসিয়াদগী লাপথোকপা পান্রবা লৈবাকসি ভারত মথন্তা নৎলমদে। ভারতকী ওইরিবা জিওগ্রাফিকেল ফিডম অসি য়েংলুরগা মসিনা নোংপোক মাযকৈদা য়েংবা হৌরক্লবা মতমসিদা পাকিষ্টান্না নোংচুপ মাযকৈদা মীৎযেং থন্নক্লি। ভারত খা নোংপোক এসিযাগী লৈবাকশিংগী এসোসিয়েসন্দা যাওননবা থিরক্লি। অসুম্না ভারতনা হিরম অসিদা মায পাকপগী মওং মাল্লকপসিদা পাকিষ্টানগী মতাংদদি থোযনা মায পাক্লে হাযবা যারোই। ভারত অমসুং পাকিষ্টান অনি যেংথিনবা অসিনা খা নোংপোক এসিযাগী লৈবাকশিংগী মরক্তা লৈতাদবা হাযবা অমদি লৈরি। তশেংনা হাযরকান্দা, মরী অসিগী ফল যান্না চাওনা লৈ হাযগনি। পাকিষ্টানগী মরুপ মপাং ওইবা লৈবাক কযানা খা নোংপোক এসিযাদা লৈরিবা লৈবাকশিংগী মরক্তা মসিগী থাক ব্রাংখৎনবা কন্না হোৎনরগসু, ভারত অমসুং মসিগী মরুপ মপাং ওইরিবা লৈবাকশিংনদি পাকিষ্টানবু লৈবাকশিং অসিদগী লাপথোকহনবা পান্বফাও যাওরি। তৌববুদি পাকিষ্টানগী মরুপ মপাং ওইবা লৈবাকশিং অসিনা হোৎনরিবসি মুস্লিম মশেল ওইনবদুনা মথোযনা চুমনদা শৌগৎনিংবগী ব্রানি হাযবসু যাগনি। অমরোমদা খা নোংপোক এসিযাগী লৈবাকশিংগী অপুনবা এসোসিযেসন অসিনসু লমদমসোমগী য়ুমলোন্নবা লৈবাক অনি কা হেন্না যেংথিনদুনা অমগা অমগা হুন্নদুনা ভাংনবা, মরাল শিজিনবা, অসুম্না অনৌবা খৎন-চৈনবা অমুক হন্না থোকপা যাবগী মওং ওইদনবদি হোৎনরি।

অরোইবদা, ভারতকী নোংপোক্তা মীৎযেং থন্বা হাযবসিগী থৌওংসি পুন্না লপ্লোলইতিক তৌমিন্নরগা মদুগী কান্নবা ফংবদু যেঙ্গোক্লবগী মওং অমা ওইবগুম তৌরি। খা নোংপোক এসিযাগী লৈবাকশিং অমদি ভারত অনিগী মরক্তা মথোযগী তুংগী মরীদা ফগৎলকপগী ফিডম অমদি লৈরে। খালিগী তিন্নখিবা মীফম অদুদা লপ্লোল ঈতিক্কী অমদি শেল থুম পুথোক পুশিনগী লোয়ননা শেল থাদবগী থবক চাওখৎননবা তশেং তশেংবা পান্দম থমখি। খা নোংপোক এসিযাগী লৈবাকশিংগী লুচিংবশিংনা মালেমগী ওইবা থবক থৌরমগা মরী লৈনবদসু করম্বা এসিযাদা পুন্না থবক তৌমিন্নগদগে, নত্রগা কনা কনাগা মতেং পাংথোক পাংশিন তৌগদগে হায়বদুসু মযেক শেংনা খঙদোক্লে। মসিমকসু য়ুনাইটেদ নেসন্সকা তুংদা মরী লৈননা থবক

তৌরকপগী ব্রাফমসু খন্ডনা তৌই হায়গনি। হায়রিবা খা নোংপোক এসিয়াগী লৈবাকশিংসিনা লন্নোল ইভিক্কী খল অমসু থম্নবা অদুগা এসিয়াদা অচৌবা লৈবাক অনি ওইরিবা চিনা অমসুং ভারত অনিগগী মরক্তসু খল যান্নবা থম্নবা হোৎনরক্লি।

শোক ১৯৯৭ তগী ভারতকীদমক্তদি মাংলোমদা চংশিল্লকলি হায়গনি। হায়রিবা চহি অসিদা ভারতনা খা নোংপোক এসিয়াগী অপুনবা লৈবাকশিংগা চপ চানা পার্টনর অমগুম্না ব্রারী শাবা হৌখি। তশেংবমকসু ভারতনা হোৎনবদগীনি, অসিগুম্বা মরী অসি হেন্না হেন্না চেৎশিনবা অমদি চাওখৎপা ওইরক্লিবসি। অসুম্না ভারত অমসুং মখোযগা যানরিবশিং অসি মখোয়না শোযদনা ইন্নবা হোৎনরক্তনি। শোক ২০০৪ গী জানুব্রারী থাদগী তোঙান তোঙানবা পোৎলম কযাদা নিংতম্না লন্নোল ইতিক তৌননবগী ব্রারী শানখি, অদুগা শোক ২০০৫ দা মদু থবক ওইনা পাঙথোকপা হৌবা হাযনা য়ানখি। অদুগা শোক ২০০৭ তনা থবক্তু মপুং ফারবা মওং অমদা পাঙথোকপগী পান্দম থমখি। শোক ২০০৫ দা ভারতনা নোংপোক এসিয়াগী লমদমশিংদা লন্নোল ইতিক্কী লৌবাটেক্সশিং হহনবা থবক পাযখৎখি। শম্না হাযরবদা অসিগুম্বা টেক্সশিং অসি লৌবা থাদোকপগী মতাংদা ভারতনা যাম্না লিকশিল্লুবা য়াদ্রে। নত্রগদি নৌনা শেমগৎলক্লিবা খা নোংপোক এসিয়াগী লৈবাকশিংগী ওইবা এসোসিযেসন অসিনা চিনারোমদা মাইওন থমখিগদৌরিবনি। অসুম্না লৈবাক তোঙান তোঙানবা কযা উম্নদুনা লৈবাকশিং অসিগা ভারতকা লৈনরিবা মরীদু চাংযেং তৌগনি অমসুং মদুবু মায পাক্লবা তৌবিবা থৌওং অদুবুসু চাংযেং তৌবগী তাঞ্জা অমা ফংগনি। কম্বোদিযাদা নবেম্বর থাদা ফমখিবা ভারত অমদি খা নোংপোক এসিযাগী মীফম অদুদা ভাজপাযনা যান্নরিবা হিরমশিং অসি মপুং ফানা পাঙথোকপা ঙমগদ্রা হাযবগী চিংনবা খরা লৈ হাযনা মোত পীখি, অদুবু মতুং তারকপদা চথরক্লিবা থবক থৌরমশিং অদু হান্না খল্লম্বদগী হেন্না খোঙজেল যাংখি হাযনা ফোংদোকখি। হায়রিবা মাংলোমদা যাম্না খুমাং চাওশিল্লা চৎপগী খুদম অমা ওইনা ভারত অমসুং খা নোংপোক এসিযাগী লৈবাকশিং অসিগী থত্রিবা শোক ২০২০ দা ওইরকপা যাবা পান্দম মীৎযেং অদু মথংগী চহিদা লাউজদা পাঙথোক্তদবা মীফম অদুদা খন্নগনি হায়না যানখি।

খা নোংপোক এসিয়াগী লৈবাকশিং অমদি ভারত ইকোনোমিক কমুনিটি অমখক্তং ওইনা লেপমিন্নরগদি লমদমশিং অসিগী তুংগী ওইগদবা ফিভম করি ওইগদগে হাযবগী মতাংদা ভাজপায়না হাযখি। মানা হাযখি, অসিগুম্বা ফিভম অমদি ব্রাখস্লোন অসি থবক ওইনা পাঙথোকপদুসু মেম্বর লৈবাক খুদিংমক্তী নুংঙাই য়াইফবা, খুদোং চাবদা য়ুম্ফম ওইগদবনি। হাযরিবা পান্দম অসি ফংলগদি ভারত অসি হান্নদগী হেন্না মপাঙ্গল কনবা লৈবাক অমা ওইরক্তনি। অখণ্ড অহৈশিংনদি অপুনবা খা নোংপোক এসিয়াগী লৈবাকশিংগী এসোসিযেসনসি মপান্দা পোৎ থাদোকপা কৈথেল অমা ওইবদা নত্তনা লম্লোল ঈতিক্তী মতাংদা ভারতকী লম্বা অমসু ওইরক্তনি। অদুনা ভারতনা লৈবাকশিং অসিগা লম্লোল ঈতিক্তী যাননবা হোৎনবদা কান্নবা লৈতে। অদুনা মশাগী ওইবা লমদা লন্নাই ওইনা হেন্না ফগৎনবা হোৎনফম থোকই। অখণ্ড-অহৈ অমগী মোত মতুংইন্না ভারতকীদমক্তা মসি হেন্না খন্নিংঙাই ওইরি, মদুদি এসিয়াগী খা নোংপোকলোমদা লৈরিবা লৈবাকশিংসিগা চিনাগা পুনশিনখ্রগদি এসিযাগী খ্বাইদগী চাওবা লম্লোল ঈতিক্তী জোন ওইখিনি, অদুগা চহি কয়া মদুনা লমদম অসোমগী সেন্তরসু ওইখিনি।

অদুবু ভারত্তা লৈরিবা মীপুম খুদিংমক ভাজপায অমসুং সিনহানা ভারতপু খা নোংপোক এসিযাগী অপুনবা এসোসিযেসন্দা নকশিন্না পুশিন্নক্নবা হোৎনবসিদা অমদি ২১শুবা শতাব্দীগী এসিযাগী মপুংওইবা লৈবাক অমা ওইরক্নবা হোৎনবসিদা কা হেন্না থব্রায যাওশিন্দবগুম তৌই। ভারতকী খ্বাইদগী মপুং ফারবা পাউজেল চে অমা ওইরিবা "দ টাইমস ওফ ইন্দিযা" না য়ুমশকৈশ নুমিৎ অমদা ইখি। নিউ দিল্লিগী রেকোর্দ ভারত অমসুং পাকিস্টান য়ুমলোন্নবা লৈবাক অনিসি যেংথিনৈ হাযবসিদা মালেমগী থাক্তবু ওইরে নত্রগা অকক্নবা রিজন থরদবু ওইরে, মীযাম্না ভারতপু ইযা যানিংদবা মওং অমদি অদুম মরৈরে। খা এসিযাদা লৈবা অচৌবা লৈবাক অমা ওইনা ভারতনা অচৌবা রোল অমা লৌফম থোকপনি। মদুগী মহত্তা সার্ককী মীফমদা, ভারতকা পাকিস্টানগা যানদবদুনা, মসিগী প্রোব্লেম অসি পাকিস্টানগা য়ানদবদুনা মপুং ওইনা অদুম লৈরি। কমনবেলথতসু অদুমঙাই, নিউ দিল্লিগী অমত্তা ঙাইরবা ব্রাফমদি, হান্নরিবা ইন্টরনেসনেল কম্যুনিটিদগী পাকিস্টানবু খাযদোকহনবা হাযবসিনি। মমাংগী য়ু এন জেনরেল এসেমব্লি

সেসন্দা নিউ দিল্লিনা তৌখিবা থবক থৌরম পুম্নমক পাকিষ্টানগা মরী লৈনবা রাফমদমক ওই।

"হোয়, পাকিষ্টান্না টেরোরিজমগী মওংদা ভারতকী মায়োক্তা মতম পুম্নমক্তা নারোন্দা লাল অমা তৌনবা হোৎনরি হায়রবসিদা কনাম্তনা য়াদবা ঙমদ্রগসু মসিদা য়ুন্ফম ওইবা নত্তনদি অতোপ্পা খম্মরম্বা এজেন্দা অমা লৈতবগুম তৌরি। হন্দক্কীমকসু টেরোরিজম হাযবসি ভারতকী প্রাইম মিনিষ্টরগী এজেন্দাদা খ্বাইদগী রাংবা ওইখি। মিষ্টর ভাজপায়না বালি চৎপগী খোঙশানবা মতমদফাও মশামক পাকিষ্টানগী টেরোরিষ্ট ট্রেনিং কেম্পকী মতাংদা রাঙাংবদু মশানা থিংবা ঙমজখিদে। ভারতকী লৈঙাক্রোন্দা অসিগুম্বা রাফমসিদগী মশাবু কম্বোকচবা ঙমদ্রিমখৈদি, মালেমগী ওইবা মীৎযেংদা মহাক যাওবা ঙমখিরোই।"

অদুবু, নাকল অমরোমদা পাকিষ্টানগী মতাংদা ভারতকী মপান লৈবাক্কী থৌরমশিং হেন্না মায পাকপগুম্বদি তৌরক্রি। ইস্লামাবাদতা লৈবা ইন্সটিট্যুট ওফ ষ্ট্রাটেজিক ষ্টডিজগী দাইরেক্তর জেনরেল যাম্না ইকাযখুম্ননিংঙাই ওইরবা শ্রীন, এম, মাজারিনা হাযখিবা রাফমদা, "ভারতনা ইসলাম চৎপা লৈবাকশিংগী ওর্গনাইজেসন কযাদা অসুম অসুম খোঙ থাংজিনবা হৌরক্লিবসি পাকিষ্টান্না খঙননবা শেম শাগদবনি। হান্নমা ভারতনা গল্ফকী লমদমদা মসিগী মতিক মযাই শন্দোকপা হৌখ্রে। গল্ফ কোর্পোরেসন কাউন্সিলগা রারী শান্নবা কযাদা শরুক যারিবা লৈবাক অমা ওইখ্রে। মসিদা মরুওইবা লৈবাকশিং অমেরিকা অমসুং জাপানসু যাওরিবনি। লোযননা আফগানিষ্টান, সেন্ট্রেল এসিযা অমসুং ইরানদনা হেন্না ভারতনা মপুং ওইবা থৌদাং কয়া লৌরক্রি। খা নোংপোক থংবা এসিয়াগী অপুনবা লৈবাকশিংদা ভারতনা অমগা অমগা রারী রাতাই শান্নদুনা হেন্না হেন্না থৌদাং লৌরক্রি, মসিদা পাকিষ্টানবুদি হেন্না হেন্না তোথাব তাহৌনবা হোৎনরি।

"ভারতকীদমক হেন্না হেন্না থবক থৌরম তৌরকপগী মওং অসি পাকিষ্টানগা খেন্নবা, য়ানদবা মওংদা অমেরিকানা চখরি, মসিমক অমেরিকাগা লৈনবা মরীদা মম্নি ভারকপুগম তৌরি। অকোযবদা লৈবা খুদোংচাবা কয়া ফাওবা করিমত্তা খঙদনা চখবগুম তৌরি, পাকিষ্টানগী

মাযোক্তা হুন্দুনা ঙাংবা কযাদফাওবা অমেবিকানা ইংথনা অদুম লৈবগুম তৌবি। শগ্না হাযববদা, অমাংবদু হান্ননা তৌখ্রফাওবা অমদি পাকিষ্টান্না মথা তানা খাঙবা ঙন্নরোই হাযবগী থাক্তুফাওবা মখোযনা তৌবকপগুম তৌবি। যান্না নেম্বা থাক্তা ফাওবা অমেবিকাগী ওফিসিযেলশিংনা লম্নাই পাকিষ্টানি মচাশিং ফাওবা অব্রাবা খুদোংচাদবা পীবা অমদি শেবান্না শিজিন্নবীবগী মওং ফাওবা তৌবিরি। পাকিষ্টান্দা কোযরকপা লাকপা অমেরিকান মচাশিংদা ৎদুগী লমন খুম্বা ওইনদি কবিমত্তা তৌখিদ্রি।

তশেংনমক, ভাজপাযনা মথংগী জানুব্রারী থাদা ইসলামাবাদতা সার্ককী মীফম যাওবদা মহাক্লা বালিদা তৌখিবগুম, ইসলামাবাদতসু করিসু কোযবা লৈতবা, পুক্লিংদা চিংনবা অমত্তা ফাওদবা মওংদু ওইগনি। মহাক্লা তৌরিবা থবক থৌরমশিং অমদি মায পাক্লবা মপান লমগী থবক থৌওংশিং যেক্লবগী কেম্প ওইরিবা ইস্লামাবাদতা মাবু থাগৎপীনবা মী ব্রাৎলোই। অসিগুম্বা খা নোংপোক এসিযাগী লৈবাকশিংগী অপুনবা মীফম অসিদা ভাবতকা লমদমশিং অসিগা লৈনরিবা মবী অসিদা তশেংবা অচৌবা অহোংবা অমা পুবক্লবা অচৌবা খোঙথাং অমা শেমহৌগনি।

- ៖ -

# ভারতকী নোংপোক্তা য়েংবা মীৎয়েং অমদি থৌওং ঃ প্রাইম মিনিষ্টরগী খোঙচত্তা মপাঙ্গল হেন্না কনখৎখিবগী মওং

*অইবা ঃ সি, এস, কুপ্পুস্বামী*

ইন্দোনেসিযাগী বালিদা পাঙথোকখিবা মাপললকশুবা এসোসিয়েসন ওফ সাউথ ইষ্ট এসিয়া নেসন্স অশিন্দা (ASEAN) হায়না খঙনবা মীফম অদু ভারতকী প্রাইম মিনিষ্টর অতল বিহারি ভাজপায় য়াওরুই। হায়রিবা মীফম অদু নুমিৎ নিনি চুপ্পা হায়বদি শোক ২০০৩ গী ওক্টোবর থাগী তাং ৭ অমসুং ৮ দা পাঙথোকখিবনি। মদুগী মতুং তাং ৯ অমসুং ১০ দুনা ওফিসিযেল ওইনা থাইলেন্দদা চৎখি। হায়রিবা ওক্টোবর তাং ৮ গী মীফমদুদা অনিরকশুবা ওইনা ভারত অমসুং খা নোংপোক এসিযাগী লৈবাকশিং অদুগী মীফমদা মহাক্না ব্রা ভাংখি। (অহানবা ভারত অমদি লৈবাকশিং অসিগী মীফম অদু নবেম্বর থা শোক ২০০২ দা কম্বোদিযাদা পাঙথোকখি।) হায়রিবা মীফম মনুংদুদা প্রাইম মিনিষ্টরনা রিপব্লিক ওফ কোরিযাগী প্রসিদেন্ট রোহমু হ্যইন অমসুং ভিয়েৎনামগী প্রাইম মিনিষ্টর ফান ভান খাই উন্নরকখি। অদুগুম্না ভারতনা মীফমদুদা যাওরুরগা যাম্নচে কযা সহি তৌনখিবদু য়েংলুরগদি, ভারতকী নোংপোক্তা যেংভকপা মীৎযেং অমদি থৌওং অসিমক্না চাওরবা অরাৎপা অমা মেনখৎপা ভগ্রে হায়গনি।

**ওক্টোবর ৬, ২০০৩ দা উনখিবা, মদুগী পাউদম**

খা নোংপোক এসিযাগী মীফমদুগী মাংওইননা প্রাইম মিনিষ্টরনা তোঙান তোঙানবা ওইনা রিপব্লিক ওফ কোরিয়াগী প্রসিদেন্ট রোহ মু হ্যইন অমসুং ভিয়েৎনামগী প্রাইম মিনিষ্টর ফান ভান খাই, অনিবু ওক্টোবরগী তাং ৬, ২০০৩ দা উনখি।

খা কোরিযাগী প্রসিদেন্ট রোহনা কোরিযাগী নিংখা তম্নবা চংশিনবা খোঙজংদা ভারতনা লৌবিখিবা থৌদাং, মালেমগী ওইনা মীচং চুংশিন্নদবা ঈহৌ

অমদি মতমসিগী ইনফোর্মেসন টেক্নোলোজিদা ভারতকী থৌদাংনচিংবা পন্দুনা শিংথাখি।

হায়রিবা লুচিংবশিং অসিনা ইরাক্তা মখোযগী সিফাইশিং থাজিন্নবা তৌখিবা অমদি মফমদুদা ইকুই কুইদবদা ফমখিবা য়ু এনগী জেনরেল এসেমব্লি সেসন মদুগী মরমদা পাক চাওনা ব্রারী শান্নখি। মখোযনা লম্লোল ঈতিক তৌনদুনা শেল থাদবনচিংবগী ব্রাকমসু পন্নখি।

ভিযেটনামিজশিংগা উন্নবদা ভাজপাযনা নিংতম্না লৈবাক অনিসি অমগা অমগা লম্লোলমিন্নবগী মরুওইবা ব্রাকমদু পনখি। ভিয়েটনামগী প্রাইম মিনিষ্টরনা মাগী লৈবাক্তা ভারতকী শেল থুম থাদদুনা লম্লোল ঈতিক তৌবা য়াবগী ফিভমদু পল্লকখি। ভারতনা মখোযগী লৈবাক্তা নৌনা অমুক দোলর মিলিযন ২৭ কী শেন্থং পীনবা ব্রাফমদুগা মরী লৈননা অথুবা মতমদা ভিযেটনামিজশিং দিলিগেট অমা ভারত্তা চৎননবগী ব্রাকমসু পন্নখি। থোইদোক্লা সোফ্টৱয়ার টেক্নোলোজিগী মতাংদা ভিযেটনায়া ট্রেনিং অমসুং ট্রান্সফরগী মতাংদা ভারতকী মতেং পীবিনবা হাযজখি। ভারতকী প্রাইম মিনিষ্টরনা চিনাগী প্রেমিযর ৱেন জিঅবাওসু উন্নখি। মমৈথংদা ভাজপাযনা লৈরিবা হোটেলদুদা চিনাগী প্রেমিযর মশামকসু লাক্লুনা উন্নখি। অদুবু উন্নবদুদা করি হাযনখিবগে হাযবদুমক্তি পাউমীশিংদা, মীযামদা ফোংদোকখিদে।

এসিযানগী বিজিনেস অমদি শেল থাদনবগী মীফম (৭ ওক্টোবর ২০০৩), হাযরিবা মীফম অসিদা প্রাইম মিনিষ্টর অটল বিহারি ভাজপাযনা ব্রা ঙাংবদা ভারতনা লম্লোল ঈতিক তৌবদা অপনবা লৈরব্রা পুন্মক লৌথোক্লবা হোৎনরি অমসুং খা নোংপোক এসিযাগী লৈবাকশিংগা লম্লোল ঈতিক তৌবগী শেলফমসি শোক ২০০৭ তদি দোলর বিলিযন ৩০ যৌরনি হাযখি। অদুগা চহি ১০ গী ওইনা লমদমসোমদা নিংতম্না লম্লোনমিন্নবা যানবা থবক পাযথৎলে হাযনসু লাওথোকখি। মহাক্লা ভারতকী শেল থুমগী ফিভমদা মরুওইবা ব্রাকম কযা পনখি, মদুগী মথক্তা ইংলিশ ঙাংবা ভক্না হেন্না মপুং ফাবা ব্রাখল লৌশিং লৈবা মীওই কযাসু লৈ হাযখি, শম্না হাযরবদা শেল থুমগী মতাংদা ভারতকী ওইনা লৈজরিবা ইন্দষ্ট্রি, ফার্মাটিকেল ইন্দষ্ট্রি, ইন্টরটেনমেন্ট (হরাও কুম্মোগা মরী লৈনবা) ইন্দষ্ট্রি অমসুং অতৈ ইনফ্রাষ্ট্রকচরগী ব্রাকম কযা পনখি। হাযরিবা মরুওইবা

ফিভমশিং অসিনা ভারত অমসুং খা নোংপোক এসিযাগী লৈবাকশিংগগী মরক্তা লল্লোল ঈতিক তৌবা অমসুং শেল থাদবগী থবকসিদা হেন্না অকনবা ঈথিল পীগনি। হৌজিক হৌজিকমক ভাবত অমসুং খা নোংপোক এসিযাগী লৈবাকশিংগী মবক্তা দোলব বিলিযন ১০ ফাদনা তৌরিবা লল্লোল ইতিক্কী থবকসি মীশিং বিলিযন ১.৫ লৈবসিগা হাযরুবগদি চুম্নবা ব্রাংলবনি। অমরোমদা লমদমশিং অসিদা চহিগী ওইনা পোৎলমশিং দোলর ট্রিলিযন ১.৫ গী ওইগদবা পোথোক পুথোক্রিবনি।

হাযরিবা লল্লোল ঈতিক্কী মীফমদুদা চিনাগী অমসুং জাপানগী প্রেমিযরশিং অমদি খা কোবিযাগী প্রসিদেন্টনা ব্রা ভাংখি।

ভাবত অমসুং এসিযানগী মীফম ( ৮ ওক্টোবর ২০০৩) হাযরিবা মীফম অসিদা ভারতনা খা নোংপোক এসিযাগী অপুনবা লৈবাকশিংগা "ফ্রেমব্রার্ক এগ্রিমেন্ট ওন কমপ্রেহেনসিভ ইকোনোমিক কো-ওপরেসন সহি তৌনখি। মসিনা 'ফ্রি ট্রেদ এবিযা' হাযদুনা চহি ১০ গী মতমগী লল্লোল ঈতিক তৌমিন্নবগী ফিভমদু তশেংনা লৈহনবদা মতেং পাংবীগনি। খণ্ডজিনবদা যাম্না নুংঙহিবা ব্রাফম অমনা, চিনানা ফিভম অসি তানবা হোৎনবদা চহি ৩ চঙখি, অদুবু ভারতনদি শুপ্ন গী থা ১০ গী মনুংদা অসিগুম্বা যান-চে অসি সহি তৌনবা হোৎনবদা মায পাকখি। অসিগুম্বা ᵞ াম্নবা অসিনা পোৎলমদা, থবক্তা অমদি শেল থাদবক্তদৌবিবা মফমশিং প্রোগ্রামনচিংবা খুদিংমক কুপ্না যেকথোকপগী তঙাইফদবদু লৈ। করম করম্না মফমদা করম্না পোৎলমদা লল্লোল ঈতিক হৌগদগে হাযবনচিংবগী ব্রারী ব্রাতাই শাম্নবদু জানুব্রাবী তাং ২০০৪ দা হৌবগা, শোক ২০০৫ কী জুন থাদা লোইশিনখি। থবক হকথেংননা হৌবগী ব্রাবী ব্রাতাই শাবদুনা শোক ২০০৫ দা হৌবগা শোক ২০০৭ তা লোইশিনগনি। অদুগা লল্লোল ঈতিক তৌবগী পোত্তা লৌবা খাজনা হহ্নবদুনা জানুব্রাবী ২০০৬ তগী হৌগনি। লোযননা শেল থাদনবগী ব্রাফমসু মতম চানা অদুম হৌরগনি। খাজনা লৌরোইদবা পোৎলমশিংসু মশক খণ্ডোক্ররগা মখোযদু যাম্নচে অদুগী মমৈথংবা শরুক্তা পনগনি। প্রাইম মিনিষ্টর অটল বিহাবি ভাজপাযনা, হাযরিবা যান-চে অদুগী মওং অদুনা ভারতনা এসিযাগী লৈবাকশিংগা লল্লোল ঈতিক তৌননিংবগী অপাম্নদু উৎলে হাযনা ফোংদোকখি। মহাক্না মসিমসু হাযখি, অদুগুম্বা এসিযাগী লৈবাকশিংনা মখোযগী পোৎ

য়োনজনবগী কৈথেল ভারতা ফংজনিংলিবশিংদুগা অথন্নবা মীৎয়েং থম্মীগনি। ভারতকী মী মখল শুনা লৈবা সহর মরিগা এসিয়া লৈবাকশিংগী কোনুংশিংগা লম্বী শমদোক শমজিন তৌবা য়ানবা "ওপন স্কাইজ এগ্রিমেন্ট" ভারতকী নোংথক লম্বী হাংদোকপা হায়বগী ব্রাফমসু লাওথোকখি।

খা নোংপোক এসিয়াগী লৈবাকশিং অমদি ভারত পুন্না মালেমগী থাক্তা লৈরিবা টেরোরিজম থেংনমিন্নবা ব্রাফমসু য়ান্নখি। হায়রিবা খা নোংপোক এসিয়াগী লৈবাকশিংগা অমেরিকাগা হায়রিবা ব্রাফমসিদা য়ান্নচে অমসু লৈগ্রে। হিরম অসিদা পুন্না থবক তৌমিন্নবা হায়বসিদা, মসিগী পান্দমদি ঈ পাউ পীনদুনা হৈশিংবা কয়া অমা তাথোক তাশিন তৌনদুনা মালেমগী থাক্তা লৈরবা টেরোরিজম অসি মুথৎননবা হোৎনমিন্নবনি।

ভারতনা Treaty of Amity and Co-operation (TAC) য়াদুনা খা নোংপোক লমদমগী এসোসিয়েসন অমা অহৌবদা শেমহৌনবগী অচৌবা থৌদাংবু লৌখি। হায়রিবা যানবা অসিনা অমগা অমগা পুন্না থবক তৌমিন্নবা অমসুং তাকশেন থবক পাযথৎমিন্নবা লৈবাক অমগা লৈবাক অমগা লৈনরিবা মরীদু লিংনবা হোৎনরম্মী। হাযরিবা যান্নবা অসিদা এসিয়াগী নত্তবা অতৈ লৈবাকশিংসু য়াওবা যাবা হাযবসি য়ান্না কুইন্দ্রি, চিনামকসু যানবা অসিদা মার্চ থা শোক ২০০৩ দা যাওখি। ভারতকী ফোরেন সেক্রেটরি কানব্রাল সিবালনা, যানচে অসিদা ভারতসু শরুক যাদুনা য়াওবা হাযবসি ঐখোয়গী লৈত্তাক্রোনগী অচৌবা খোঙথাং অমনি, থোইদোক্না ভারতনা নোংপোক্তা মীৎয়েং থম্বা হাযবসিদা থবক ওইনা পাঙথোক্কবা অহেনবা খোঙথাং অমনি হায়খি।

ওক্টোবর তাং ৯, ২০০৩ দা ভারত অমসুং থাইলেন্দ অমগা অমগা লম্লোল ঈতিক তৌননবা যান্ন-চে অমা সহি তৌনখি। খা নোংপোক এসিয়াদা লৈরিবা লৈবাকশিংগী মরক্তা অমখক্তংগা লম্লোল ঈতিক সহি তৌনবগী মসিনা ইহান হানবনি, মদুগী মমাংদবুদি পুন্নপকা তৌনবা যান্নবা শরবুদি লৈগ্রে। হায়রিবা য়ান্নচে অসিগী মথাদা থবক তৌবা হৌবা অমদি শেল থাদবা হৌবনা শোক ২০০৬ তগী হৌগনি, অদুগা শোক ২০১০ দগীদি তোঙান তোঙানবা পোৎলম কয়াদা হকথেংননা লম্লোল ঈতিক হৌরগনি। ভাজপায়নদি মতমদুদা লৈরম্বা

অমেরিকান দোলার বিলিয়ন ১ দু শোক ২০০৫ দা শরুক ২ হেনগৎহন্দুনা দোলর বিলিয়ন অনি যৌরক্লা থাইলেন্দগা লপ্নোল ঈতিক তৌনবা পামখি।

মসিগী মথক্তা ভারত অমসুং থাইলেন্দ অনিনা শোক ২০০৩ দা লমকোইবশিং চখোক চৎশিন তৌবা যাননবা মেমোরেন্দম ওফ অন্দরষ্টেন্দিং অমসু সহি তৌনরম্মী। অপুনবা খোঙচৎকী পত্নংফম অমত্তং ওইনা ফুকেট অমসুং পোর্ট ব্লেয়র অনিনা ওইমিন্নবগী ব্রাফম ফাওবা থন্নরম্মী। লৌউ শিংউবা অমদি বাইও টেক্নোলোজিগী প্রোগ্রামগী মতাংদসু লৈবাক অনিগী মরক্তা এম ও য়ু অমসু নুমিৎ অদুমক্তদা সহি তৌনখি।

শোক ২০০৩ গী ওক্টোববগী তাং ৩ দা ভাজপাযগী মফমদা থাই নেসনেল এসেমব্লিগী অথন্নবা সেসন অমদা ব্রা ঙাংনবা তাঞ্জাদু পীখি। মসি মপান লমগী ওইবা লিদর অমবু ব্রা ঙাংনবগী তাঞ্জা পীবদু মসিনা অহানবনি। মহাক্না মতম শাংনদগী লৈরক্লবা লৈবাক অনিসিগী নুংশি চান্নবকপগী মবী অমদি নাৎকী ওইবা যৌরম কযাদা লৈবিবা মান্নবা কযাদু পন্দুনা ব্রা ঙাংখি। মহাক্না মসিমসু মখা তানা হাযখি, মদুদি থাইলেন্দনা ভারতকী নোংপোক অমদি খা নোংপোক এসিযাগা শম্ন বা মবীদা খ্বাইদগী মকওইবা লৈবাক অমনি।

ভারত অমসুং থাইলেন্দগী টেবোবিজম থেংনমিন্নবা অপুনবা ব্রার্কিং গ্রুপ অমা মতমদুগী দিসেম্বব থাদা উনখি। ঈ পাউ ফাওনবা অমদি লৌশিং লৌখোক লৌশিন তৌনবগা লোযননা **ভারতকী লালহৌলুপ কয়ানা থাইলেন্দবু লান্না শিজিন্নদনবগী** ব্রাফম কযাসু পন্নখি। টুবিজমদা নত্তনা টেক্নোলোজিগী লমদা মতেং পাংনবা, লৈবাক অনিগী মবক্তা নোংথক্কী লম্বী হাংননবা, লোযননা ঙাকশেনগী খুৎশু-খুৎলায অমদি ট্রেনিং, ঙা ফাবগী লমদা লৌখৎপা যাবা যৌরাংশিং চহিগী ওইবা কলচরেল প্রোগ্রামনচিংবা পাঙথোকমিন্নবগী ব্রাফমশিং থন্নখি।

**ব্রাক্লোইশিন ঃ-**

খা নোংপোক এসিযাগী লৈবাকশিংগা ভারতকা মালেমগী ওইবা কোল্ড ব্রার (থরুমদা উংখৎনবা) হায়বদু লৈরিঙেদো, মতমদুদা লৈনাখিবা মরীদু খুদোংচাবা কয়া মাংখিবগী ব্রারীনি হাযনা লৌবা য়াই। মসিগী মরমদি লৈবাকশিং অসিনা

*ভারতকা নকশিন্নরক্লবা হোৎনরকপদা ভারতনা যাখিদবগুম তৌখি। ভারতকী মতমদুগী মপান লমগী ওইবা থৌরমদি পাকিষ্টানগা লৈনরিবা মরী অদুনা মপুং ওইখিদুনা, অতৈ য়ুমলোন্নবা এসিযাগী লৈবাকশিংগা থোযনা মরী ফগৎনবা অমদি তুং কোযনা মখোযগা লৈনবা মরী শেম্নবা হোৎনখিদে।*

হৌখিবা চহি ১০ মুকসিগী মনুংদদং ভারতনা নোংপোক্তা মীৎযেং থম্না হাযবা থৌওংসি লৌখৎলবা মতমসিদদা ভারতকী থবক থৌরম কযাদা খা নোংপোক এসিযাদা লৈরিবা লৈবাকশিং অসিগী মরুওইবদু খঙলকপনি। শোক ১৯৯৯ দা ভারতনা লৈবাকশিং অসিগী শরুক যামিন্নবা লৈবাক অমা ওইরকখি। অদুগা শোক ১৯৯৫ দদি মপুং ফারবা ব্রারী ব্রাতাই শানবদা শরুক চাওনা যারবা মেম্বর অমা ওইরকখি। লোযননা শোক ১৯৯৬ তদি হাযরিবা লৈবাকশিং অসিগী বিজনেল যোবমগী মপুং ফাবা মেম্বব অমা ওইখি।

খা নোংপোক এসিযাগী লৈবাকশিং থোইদোক্লা মালাযাসিয়া, থাইলেন্দ অমসুং সিঙ্গাপুবনচিংবগী শেল থুমগী ওইবা ফিভম উরুবদগী, লৈবাকশিং অসিগী ভাবত্তা মরুওইবিবদু থোযদোক্লা কম্না পল্লুদ্রবসু খঙনবে। লৈবাক ঙাক্রোনগী মতাংদসু ভাবতকী অব্রাং নোংপোক লমগা মতম শাংনা বাউন্দবি লাইন ওইনা লৈমিন্নবিবা ম্যান্মাবগী মতেং অমদি কো-ওপবেসন তঙাইফদবা ওইবকই। হেন্না খঙ হৈববা লৈঙাক্রোনগী মীওইশিংগী মোত মতুং ইল্লগদি, লমদমসোমদা চিনানা হেন্না হেন্না মরুওইবা অমদি মপাঙ্গল কনখৎলক্লিবসি যেংলুবগদি ভাবত অমসুং অতৈ খা নোংপোক এসিযাগী থবকশিং কমন ওইনা লৈমিন্নরি। অদুনা হাযবিবা লৈবাকশিং অসিগা ভাবতকা লৈমিন্নবিবা মবী অদু মপাঙ্গল কনখৎহনবা তঙাইফদে। মসি হায হাযদুনা ভারতকা চিনাগা অনিসি কম্পিটিসন তৌনবগী মওংদা লৈ হাযবা নত্তে। চিনাগী মাযোক্তা থবক তৌগনি হায়বগী ব্রাফম নত্তে। লৈঙাক্রোনগী লৈরিবা মরী অসিদগীদি শেল থুমগী লম্লোল ঈতিক্কী লৈনগদবা মরী অসিনা হেন্না মরুওইবনি হাযবসি খল্বা মখৌ তারি।

**লমদমসোমগী অমগা অমগা লৈনরিবা মরীদু ফগৎহন্নবা হোৎনবা হাযবসি জরতকীদি যাম্না মরুওইবা ব্রাফম ওইরি। মসিগীদমক্তা তেঙ্গন তেঙ্গনবা যানচেশিং তেঙ্গনবা ফোরমশিংগা থুদম ওইনা এসিযান কোরপোরেসন দাইলোগ, বি আই এম এস টি- ঈ সি অমসুং মেকোং গঙ্গা কোরপোরেসনগা ব্রারী শান্নবা তই।**

লোঘলনা ভারতনা তোঙান তোঙানবা মওংদা য়াম্নবা কয়া লৈত্রবসু থবক ওইনা পাঙথোকপদা থোঙজেল থরা তপ্পগুম তৌরি। অসিগুম্না য়ান-চে কয়া সহি তৌনবা হোৎনবদা থব্রায যাওখিবশিং থবক ওইনা পাঙথোক্লবা হোৎনরকপা মতমদদি মদু উবা ইফং ফংগুভবগুম তৌই। মসি তসেংনমক্তি শেঙ্গাও পায়বা ভুকচাও থেকপা কয়াদগী লাকপা থবক থৌওংশিংনা ওইবসু য়াই।

ইকুই কুইদবদা ভারতনা ইনফোর্মেসন টেক্নোলোজিদা অতোপ্পা লমদমগা মন্নী ফগৎলক্লবগী থবক থৌরম কযা পাঙথোকপা হৌরকপগুম তৌরি। লমদমসোম্নগী অতে জাতিশিংনা চাওখৎলকপগী থাকশিং অসি নৈনরক্নগদি, ভারতকী লৈজরিবা শেল থুমগী ফিভম, অতে এরিয়া কয়া টুরিজমু ওইরে, ইনফ্রাষ্ট্রকচরবু ওইরে, ভাকশেলগী মতেং পীনববু ওইরে, মসি মতম চানা শিজিন্নবগী তঙাইফদবদু লৈ।

এসিয়াবু তুংগী ওইবা মরুওইবা কৈথেল অমতং ওইনা উবগী মতাংদা, ভাজপায়না হায, এসিয়া মথল মথেলগী পোৎলম কযা পুথোকপা ভঙ্গা সেন্তর অমা শোঘদনা ওইরক্কনি, মসিনা মালেমগী থবক থৌরম কয়া পীবা ভঙ্গা মফম ওইরক্কনি। মীরৈবাকী পোৎ যোনফম কৈথেলদং ওইদুনা লৈগদবা নত্তে। মহাক্না মথা তনা হায়খি, ভারত অমসুং অতে থা নোংপোক এসিযাগী লৈবাকশিং হেন্না হেন্না নকশিন্দুনা থমদি থবক তৌমিন্নদুনা চৎলিবা শতাব্দী অসি "এসিয়াগী শতাব্দী" নি হাযহন্নবগী পান্দমদু ফংনবা হোৎনগনি। ভারতনা পচুং অসি ফংনবা থবক ওইনা পাঙথোক্লবা শেলফমদু লৈরে, অদুবু তঙাইফদ্রিবদি থবকসি লেবেল খুদিংমক্তা পুন্না য়াম্নদা তৌমিন্নবদুনি।

লাইবক থিবদি অসিগুম্না "নোংপোক্তা মীৎয়েং থম্না" হায়বা থৌওংসি পাঙথোক্লবা হোৎনবদা ভারতনা খঙহৌ খঙহৌ হৌরগা তৌবগী মতৌ অমদি লৈরি। মসিগী পান্দম মাংহন্দনা যাম্না চেকশিন্না শেম্নবা অমসুং মতম শাংনা য়োকখৎপা তঙাইফদে। নত্রগদি ভারতকা লৈমিন্নরিবা য়ুমলোম্নবা এসিযাগী লৈবাকশিংদা অরানবা খুদম পীবা ওইনা থোয়দোক্না থব্রায় য়াওবা নত্তে হায়বগী মমিদু মথোঘদা তাহনখ্রবদি মদুনা হেন্না খুদোংথিনিংঙাই ওইগনি।

# নোংপোক্তা মীৎয়েং থন্না অমসুং অতৈ লমদমশিংগা লৈনবা মরী

*অইবা ঃ এম কে ভেনু*
*টাইমস নিউজ নেটৱার্ক*
*(লৈবাকপোকা, জানুৱারী ২৩, ২০০৭ ১২:৫৫:২৪: এএম)*

হৌখিবা থাথাযমুক্তী মমাংদা থৌদোক অনিথক্লা তুংদা লাকদবা পোৎশক খরা মশক তাকখি। অমনা WTO (ৱার্ল্ড ট্রেদ ওর্গনাইজেসন) গী দাইরেক্টর জেনরেল পেসকেল লেমীনা ভারত্তা লাকখি। মদুগী শান্দমদি হান্নমা মমাংদা ৱারী ৱাতাই শান্নখ্রবা মখল মথেলগী লল্লোল ঈতিক্কী থবক থৌরমদা হিংগৎহন্নবগীদমকনি। মহাক্না ফোংদোক্লম্বদা দব্লিউ টি ও গী মেম্বরশিংনা চাওরাকপদা লৈবাক অনিগী মরক্তা চথবা লল্লোল ঈতিক্কী মওংনা ৪০০ মুক, অদুগা মফম খরদংগী ওইবা লল্লোল ঈতিক তৌননবগী শিল্লোক শিনজিন তৌবা কয়া অমসু শোক ২০১০ দদি চথরগনি হায়বসিনি।

অদু ওইরগদি অসিগুম্বা লৈবাক কয়াগী মরক্তা লল্লোল ঈতিক্কী তৌনগদৌরিবা থৌরম অসিগী মরাইবক্তি করি ওইগনি? করিগুম্বা লেমীনা তৌরিবা থৌরাংসি চুনদে অমদি মসিদি সেকুরিটি লৈতে হায়না খনখ্রগদি ঐখোয়না মাবু মরাল পীবা যাগদ্রা? অতোপ্পাঅচৌবা থৌদোক অমদুনা, লেমীগী খোঙচৎপু খরা মচেং ওইনা মরী লৈননা হায়রবদা ফিলিপিনদা তৌখিবা মত্তাওবা ভারত অমসুং থা নোংপোক এসিয়াগী লৈবাকশিংগী মীফম অদুনি। হায়রিবা মীফম অসিদা ভারতকী প্রাইম মিনিষ্টর মনমোহন সিংহনা অকনবা নিযম অমগী মখাদা চহিদুগী জুলাই থাদা ভারত অমসুং থা নোংপোক এসিয়াগী লৈবাক ১০ গা নিংতম্ন া লল্লোল ঈতিক তৌনগনি ফোংদোকখিবা অমসুং মদু সহি তৌনরগনি হায়রদুনি।

অদুগা মপুং ফাবা (FTA) হাযবদি ফ্রি ট্রেদ এরিয়া ওইহনবা হায়বদুনা জানুৱারী তাং ১, শোক ২০০৮ দা থবক ওইনা হৌবগনি হাযবদুনি।

হাযরিবা মতমসিমক্তদা হাযবিবা মফমসিদা খা নোংপোক এসিযাগী লৈবাক ১০ মদুগী মথক্তা চিনা, জাপান, খা কোরিয়া, ভারত, অষ্ট্রেলিযা অমসুং নিউজিলেন্দসু যাওরগা খরা হেন্না চাওখৎপা ইষ্ট এসিযান কম্যুনিটি (EAS) শেম্নবগী রাফমসু কন্না হৌদোক্লরকখি। অদুবু মসি যুরোপিযান যুনিযন, ইকোনোমিক যুনিযনগুম্বা অমা ওইরক্তদবা মরম্না মতম শাংনা চঙবা প্রোজেক্ট অমা ওইগনি।

খা নোংপোক এসিযাগী লৈবাকশিং অমসুং ভারতকী অপুনবা মীফম অদুদা ডাক্তর মনমোহন সিংহনা ফোংদোকখিবদা চহি ১০ হেনবগী মমাংদগী ভারতনা পাযখৎলক্লিবা নোংপোকলোমদা মীৎযেং থম্বা হাযবা থৌওং অসিনা ভারত অমসুং খা নোংপোক এসিযাগী লৈবাকশিংদা তৌনরিবা লল্লোল ঈতিক্কী থবকসি শরুক ১০ হেনগৎনা রাংখৎলক্লে অসিনি। মদুদি হান্ননা ডোলর বিলিযন ২.৩ শোক ১৯৯০ দা ওইরম্দু ২০০৫ দা ডোলর বিলিযন ২৩ দা রাংখৎলক্লে।

মদুগা চপ মান্ননা, মহাক্না হাযখি ভারত অমসুং নোংপোক এসিযাগী লমদমশিংগা তৌন'বা লল্লোল ঈতিক্কী চাংসু শোক ২০০৫ দা ডোলর বিলিযন ৬৭.৬ যৌখি। ঐখোযনা ঙসি তশেং তশেংনা খঙলিবা রাফমদি এসিযাগী ওইবা লমদমশিংদা নিংতম্না লল্লোল ঈতিক তৌবগী অচৌবা অহোংবা অমা উরিবসিনি। খা নোংপোক এসিযাগী লৈবাকশিংনা যান্না নীংখা তম্না চিনাগা, জাপানগা, খা কোরিযাগা অমদি অষ্ট্রেলিযাগা লল্লোল ঈতিক্কী সহি তৌনদুনা হেন্না চাওবা এসিযাগী ট্রেদ জোন অমা শোযদনা লাক্লগনি। হান্নদগী হৌরদুনা চাদা ৫৫ দি এসিযা মনুংগী বাউন্দরিশিংদা লল্লোল ঈতিক্কী থবকসি চখজদুনা লাক্লে।

খুদোংচাবা কযা ফংবা অমদি লমদমসিগী মরাং কাযবা কক্সুমরশিং লৈবা লোযননা মালেমগী খোঙজেলদা হেন্না হেন্না যাওবা শুপ্রক্লবা অসিগুম্বা এসিযাগী মনুংদা তৌনবিবা লল্লোল ঈতিক্কী মওংসি হেম্নদুম ফংগৎনবা হোৎনফম থোকই। তৌবদি মসিগী মওংসি ইনৌ নৌবা মওংদা যান্না মখাদগী হৌরকপা ডাই। করিগুম্বা ফিভম অমদা অরাংবা থাক্তগী হৌবক্লগা মখাদা কুমথরকপগী মওং লৈরগদি ঙাকশেনবদা খরা খুদোংচাদবা থোকপা য়াই। শেসকেস লেমীনা মসি

মপুং ফানা খণ্ডখি, অদুনা মহাক্না লৈবাক অনিখক্তংগী মরক্তা নত্রগা য়াম্না রিজনেল ওইবা মওংদা লম্লোল ঈতিক তৌবা হৌরকপদা মাগী পুক্রিংদা নুংঙাইতবা পোকখি।

অমুক্তসু ভাবতনা জাপানগা ব্রারী শান্নদুনা লৈবাক অনিগী মরক্তা যাম্না নীংতম্না পোৎলম কযাদা অমদি থবক থৌরম কযাদা লম্লোল ঈতিক তৌননবগী থৌরাং তৌরকপা লেমীগী নিংবা কাযবা ওইখি। মসিমক তশেংবদি ভারতনা ইহান হানবা ওইনা, শেল থুমদা যাম্না ফিভম তাবা লৈবাক অমগা লম্লোল ঈতিক তৌননবগী যান্নবা মওংনি। তশেংবদি জাপান পৃথিবীগী মনুংদা শেল থুমদা যাম্না চাওখৎপা অহমশুবা লৈবাকনি লোযননা মতম্মসিগী মীশিং থুনা হেনগৎলক্লিবা লৈবাক অমসু ওইরি। লৈবাক অসিনা ভারত অসি মতম শাংনা মরুপ মপাং ওইবা লৈবাক অমা ওইবা যাগনি হাযবদু খল্লি। অমরোমদা ভারতনা হৈ-শিংবা হ্যমেন রিছোর্স কযা অমসু মতম শাংনা থারকপা ঙমগনি হাযবদুসু থাজে।

জাপানগী ইন্দষ্ট্রি মতম অসুক কুইরবসি মসিগী পাউথুম পীবদা যাম্না খোঙজেল তপ্নদুম ভারতকুম্না লম অমদা কৈথেল মফম অমা ফংগনি হাযনা মখোযনা থাজে। ফিভমগী মতুংইন্নসু জাপান্না থাদখিবা শেলফম কযা হল্লকহন্নবগীদমক চিনাদা দিপেন্দ তৌবা যারোই হাযবদুসু মখোযনা খনজে। অমেরিকাগুম্না জাপান্নসু এসিযাদদি চিনাগা হাযরপ থোং মান্নবা লৈগদৌরিবা লৈবাকসি ভারতনি হায়বসি মখোযনা খল্লি। মসি ভারতকা জাপানগা অনিগী মবক্তা লম্লোল ঈতিক্কী অচেৎপা মরী অমা থম্নগদি শোযদনমক মথন্তা উংখোকচবক্কনি হাযনসু মখোযনা খনজে।

জাপান্না ভারতকা লোযননা পুম্না থবক তৌমিন্নবগী অপান্নদু, লৈবাক অসিনা নোংপোক এসিযাগী মীফমদা হেন্না পাক চাওনা ভারত অষ্ট্রেলিযা অমসুং নিউজিলেন্দ যাওনা হোৎনরকপদুনা তাকই। শোক ২০০৫ গী নোংপোক এসিযাগী লৈবাকশিংগী অহানবা মীফমদা চিনানা EAS শেন্নদা চিনা, জাপান অমসুং খা কোরিযা যাওনবা হোৎনবগী থৌরম পুন্নমক্তা মহাক্না মপুং ওইনা কন্ত্রোল তৌনবা কম্না হোৎনখি। চিনানা অদুম্না হোৎনবগী মরমদি এসিযাগী লৈবাক অযান্নদা চিনাগী লম্লোল ঈতিক তৌবা কম্যুনিটিজ অমদি কম্পেনি কযা অমা হান্নবা লৈবাকশিং অসিদা চংশিন্দুনা লৈবে। অদুম ওইনমক জাপান্না চিনানা

তৌখিবা থৌরাংদু হেন্না পাক চাউবা এসিয়া পেসিফিক ওইবা লুপ শেমদুনা ভারত আষ্ট্রেলিয়া অমসুং নিউ জিলেন্দ য়াওহন্দুনা চিনাগী থৌরাংদু কাযহনখি। হাযরিবা ব্রাফমসি মমাংদা ইকুই কুইনবা তৌখিবা EAS কী মীফমদা পুখৎনদুনা য়ান্নখি।

ভারতকী ওইবা মওংদগী যেংলগদি, অসুম্না খরা হেন্না পাক চাওবা নোংপোক এসিযাগী লৈবাকশিংগী অপুনবা এসোসিযেসন অমা শেম্বসি ভারতকীদি হেন্না খুদোং চানিংঙাইনি। হাযরিবা EAS কী মীফমগী মরুওইবা পান্দমদি লমদমসোমদা ইনর্জি সেক্যুরিটি লৈহনবা অদুনি। মীফম অসিদা ডা. মনমোহন্না হাযখিবদা নোংপোক এসিযাগী লৈবাকশিংগী মরক্তা হেন্না ভরু তরুবা ইনর্জিগী ব্রাফম মরুওইনা ন্যুক্লিযার ইনর্জিগী মতাংদা অমগা অমগা মতেং পাংননবা হোৎনমিন্নবগী অপাম্বদু ফোংদোকখি। মসিগী ব্রাফম অসিদা অষ্ট্রেলিযা যাওবসি অরুবা ব্রাফম অমনি হাযগনি, মরমদি পৃথিবীগী মনুংদা আষ্ট্রেলিযানা য়ুনেরিযম খ্বাইদগী মরাং কাযনা ফংবা লম ওই।

অরোইবা ওইনা কুপ্না নৈনরকান্দা, বোর্দর, লমখৈ লান্না শেল থুম থাদবদা, পোৎ-চৈ থাদোক থাজিন তৌদুনা লল্লোনবদা অমদি থবক তৌমিন্নবদা এসিযাগী ওইবা লমদমসিগী তোমথিন ওইনা খ্বাইদগী মপুংওইবা ফিবম অমা শোযদনা লৈগনি। পেসকেল লেমীনসু মসি তশেংনা খঙই। অদুম ওইনমক মহাক্না মীযামদা পাক শন্না খঙহন্নিংবদি, লমদম খরদংগী অথয়বা নত্তবদা মালেমগী তোঙান তোঙানবা জাতি পুন্নমক্না পাক শন্না ব্রারী ব্রাতাই শান্নরগা পুন্না লল্লোল ঈতিক তৌমিন্নবা হাযবসিনা চাওখৎলক্রিবা লৈবাকশিংদু যান্না হেন্না কান্নবা পীরক্কনি হাযবনি।

মহাক্না হাযরিবসি মচেৎ খরদং চুস্মী হাযগনি। লেমীনা তশেংনা খল্লিবদি, মতমগী মতুংইন্না এসিযাগী লৈবাকশিংনা চাওখৎলক্তুনা অমগা অমগা পাক শন্না লল্লোল ইতিক তৌনরক্রগদি, নোংচুপ মায়কৈদি মখোযশিং অসিদগী তোখাযনা খাযদোকশিরক্তুনা এসিযাগী লল্লোল ঈতিক্তা যাওবগী তাক্তা লৈররোই হাযবনি। ব্রাফম অসি যুরোপিযান যুনিযন অমদি অমেরিকানা এসিযাগী শেল থুমদা হেন্না হেন্না চাওখৎলক্রিবা লৈবাকশিংগা লল্লোল ইতিক তৌমিন্ননিংবগী হেন্না পামজবা অদুনা মযেক শেংনা উৎলি।